# হীরম লামায়

# শৈরেং-শৈখন।

---

## কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মখাক।

( থায়নগী কোন্নুংনা হোংখিবা অমস্নুং হৌজিক্কী অনৌবা কোন্নুং শেমদ্রিবৈঙগী মরক্কী অবস্থা। )

চৌংনা কোঙ্গৈনা ফিরুক খুমলিবা,
হাওনা কোঙ্গৈনা পলঙাক্লিবা,
ঋতু তরুক্মক্সু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিবী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োন্দা;
থমচেৎকুম থম্বালগী মনুংদা,
সালগ্রামগুম লৈপরেং মনুংদা,
ঙাম্থোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর।
লৈময়োনসিগী নিংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা,
অহিং নুংথিল নাইদনা পুথোকখিদ্রনা
লুপখিগদৌরে কমম্বা ঈপাকথক্তা!
নুংশিরবা লৈগী লৈনম্না,

হুংশিংকী মকোঙ্গীদা তিনবগুম ;
চীংহুংদা খোংবা তামনাগী খোঞ্জেম্না,
পাক্লবা অতিয়াদা মাংখিবগুম ;
মনম হুংশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াক্লবা থুমহীদা তিনখিবগুম,
নিংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লক্লে নোংম-নোংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
মরাইবকথীবা মরমদগী,
মবুংঙোস্থু মাই লৈথোকপিথরে ;
পাউতম্বীন'সু লৈরকতরে।
অমদি অরা-পোত্থানবা য়াবা,
মচাস্থু য়াওক্লে তৌবিমল থংবা ;
ঈরাক্লরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নুং অনীগী মরক্তা'।
মচাফাপ্রবী শজী অমোম্মা,
মৈচাক থাং'গুম চেনচোংহনা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লিক্লানা,
অরাবা পি শিন্থরি ওন্না থোইনা।
শঙ্গুদগী চিথহৌরবী তেনবাগুম,
উমং-উখোং-রাখোংনাক্তা ফমহনা,
মীচিক-মীরাওখোল তাথিত্রবা,

অরাবা-ইশৈ শকচরি মথমতা।
থৈবোং, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংথারৈনচিবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিনহনা,
অবাবা ফোংদোক্লি তুমিন তুমিন্না।
উরীরৈ, কুন্দারৈ, বাসন্তীনচিংবা,
উরীগী কাংলুপনা মরী চংপা,
থাদোক্তুনা তুংনফম হৈপাল লৈপাল,
ওস্থোইরি, তৈহনা উকুল রাইফুল।
লংথুন্নু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনাপুংবা উশা থুদিংদা তোংহনা,
তৌবিমল খঙবা চেকলাগী কাংলুপনা।
হৌজিক ফাওবা কালিদমনগী,
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অহনা,
চীংগী চীংখোংদা ভাথেংহনা,
চামথোক্লি থুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী।
কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরুপ খিবিক্লা,
নিংথিজবা মহৈমরোং লৈ-শু কত্তুনা,
পুক্লিং ফাজিল্লি কাঞ্চি লাইরেম্বীবু।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,

শ্রীরাসমণ্ডল পুথ্রী অসে
লৈতেংথরে অমোংপা ফিজেৎনা
লূ-হেন্দরে মহৌশাগুম্না।
অহুম ওইনমক চাক্তারবি,
ভানুথঙ্গোংনচিংবা চেকলানা,
তুমিদাংবাই য়োরে হাঈক্তুনা,
পুক্নিংগী অরেপ্পা কাঈদনা।

ডাঃ কমল সিংহ

---

# অতীতের স্মৃতি।

চাওখৎলবা সহর কয়া কয়া,
কোনুং, নিংথৌরেল কয়াগী,
থুগাঈদুনা মতমগী ঈচেন্না,
লুপথ্রে অমম্বা সমক্র মনুংদা!
ফুরা-দলাল হৈকোল, লৈকোল,
লৈ-গু উরী-রারী কয়া কয়া,
অমম্বনা কুপ্তুনা থম্বগুম;
অমদি চাওরবা চীংমান কয়া,
হীরা মণিমুক্তা মপৈ মপৈ,

লুপ্তুনা লৈ'গুম সমক্রুগী গর্ভদা,
হৌগ্রবা মতমগী মিংচৎ কয়া,
লুপ্তুনা লৈগ্রে অকাউবগী গর্ভদা!
মমগ্রবা অহিংগী মতমদা,
মুৎলি মুৎলি পাই'গুমনা তম্দম্না,
অমদি অথাপ্পদগী খোংলকপা,
বাঁশীগী মিরবা খোঞ্জেলগুম;
থেংগ্রবা অহিংদা, অথাপ্পা চীংদা,
মুৎলি মুৎলি চাকপা লম্মৈগুম,
হৌগ্রবা স্মৃতি কয়া পুক্লিং অত্যাদা,
পাইরিনে মশেন মরাংনা!
রাংগ্রবা চীংগী চীংদোম্দগী,
য়েংথরকপা দৃশ্যনা পুক্লিং হু'গুম,
মতমগী অরাংবা চীংদোম্দা লেপ্তুনা,
য়েংথরকপা, হৌগ্রবগী দৃশ্যাবলী,
মধুর ওইগ্রেদা ওন্থোকনসু!
পি নাম্থখিবা খঙহৌদে মিৎলুদগী।
শান্নখিবা কয়া অঙাং ওইরিবৈগী,
রারী কয়া শিগ্রবা শাগৈনাতৈগী,
লৈরাং কয়া চিন্নদনা কেমগ্রবা,
পাইরি মশেনমরাং অকাউবগী গর্ভদা।
তাবা ফংলরোইদবা রাহৈ অমুক হন্না,

উবা ফংলোইদবা দৃশ্য অনিরক শুনা,
থস্মোই কাঙ্গৈগদোই নিংশিংবদা !
পল্লেমগী রাহৈ থাইনরমদাইগী,
শিরমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কাঙ্গৈখিগদোই থম্মোইসি থল্লুবদা।
অহৌবা-হুংঙাইবা, অরোইবা-অরাবা,
খঙলে শান্নথ্রমাল্লে চান্নবা মরূপ।
নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা,
চোংথগদমক লৈরে অকাউবগী গর্ভদা।
হৌথ্রবা অকাউবগী সমক্রু ময়াঙ্গৈদা,
মিংচংকী দ্বীপ শারম্মিবা মুপাশা,
য়াইফৈদকো ওস্থোক্লসু !
ঙৈরাক্লরবদা থুপচগে নংগী দ্বীপ্তা।

ডাঃ কমল সিংহ

# নওদা লৈবিয়ু নাক্তা।

চৎকদবা চৎখিসন্তু
নওদা লৈবিয়ু নাক্তা!
চেক্লাগী হুংশিবা কোশোয়
লেপথ্রনি য়াচংবদা।
লেপকদবা লেপখিসন্তু
নওদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগীসু কোলোয় হুংশিবা
লেপখি ননাক্তা চঙবদা।
লেপকদবা লেপখিসন্তু
নওদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগী অচিকপা বাঁশী
খোংজবা থম্মোই হুংদা
শিম্বনি মিৎলুদা ঈরা
নওদা লৈবিয়ু নাক্তা!

× × × ×

খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে
খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে,
ঐগী অচম্বা থুৎথৎসিদদি!

থোংক্লেনে অচম্বা ভাটিয়াল
ইশানা পামজবা ওসিদি !
পীবিয়ুবা ইমা অমেংবা মিজরাব
খচ্চগে থম্মোইগী তারদা
থোকসনু নামিবা মলয়া
তাজগে নাকোংসি পেন্না !

× × ×

নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা
নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা
পলেম থুম্বা খাদা !
মিহৌজদে লনসু কল্লকউদ মিংচংশু
পান্দুদেকো অরাংবা থুভম।
পীবিয়ু মফম লেঞ্জগে মতম
পলেমগী নুংশিবা তম্পাক্তা !
ইমানা তম্বীবা নারাগী খোঞ্জেন্না
শকচগে মপুগী কোলোয় !

কবি চাউবা সিংহ

---

## ইঙেন লৈ।

চীংদা শাৎপা ইঙেন লৈ
চিননদনা কেনখিবা
কল্লকই।
ঐনা কেনগে কেনদেদো
মালংবনা চুম্বগী
কেনবনি।
মালংবা ঐস্থু কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈখোক লোয়বগী
কেনবনি।
চীংদা শাৎপা ইঙেন লৈ,
ঐখোয়স্থু নংগী নতৌগুম
পানবনি।
ঙাংবনা থৌবা শক্লবা
তাইবং মালং পাস্সিদা
য়াওরিদো।
তৌবা ঙম্বা কনাস্থু
নারক্তা শাৎপা লৈরাংগুম
লোৎলিদো।

অৱাবা'ন্নুংশিং কয়ানা
পুন্সি'কম্বাক 'থক্লিদা
ছম্লিদো।
চৈংদা শাংপা ইঙেন লৈ
হুমিংন খাদা লৈদরি
ঙাইখোও।
তাইবং মীবু উৱগা
য়ুরান্ন জগোই শাবহু
নিংশিংঙি।
মালংবসু কদোদে
ইঙেম্বানা তেনবনা
কেনবনি।
নংনা কেন্নবা শাংপগুম
ঐখোয়সু থুনা শিনবা
ঙাইবনি।
ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম
পুন্সিগী ঈপাক থক্লিদা
তাক্লনি।

কবি চাউবা সিংহ

# পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি।

পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম,
ফৈনা যুংনা চেম্বরি,
কিনরি মসিবু থেংলুদ্রা।
পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম॥
লাউরক্লি তোর্ব্বালগী মীনা
'করিনো অঙাওবা হোঞ্জিল্লু,
তোর্ব্বাল তাম্না পুশিল্লু,
হৈতনা করিগী হোল্লিবা!,
পুন্সিগী ঈচেন্দা
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম॥
অরাবা হুংঙাইবা ঈথক্তা
মীরাগী—হুংশিং মরক্তা
কনবিয়ু ননাইগী হিদোম—
হোঞ্জগে ঈপাক য়োনবা।
পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি
ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম॥
৺নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

# শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল।

শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল!
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা
পাম্মুদা তিল্লরো হুংশিগা উম্নরো
অমম্বদা নহাকপু ঙাইহনা লৈরিবা।
শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল।
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা ॥

নহাক্না লাকপদা অমম্বা চেনখরে—
লৌশিংগী মঙান্না থম্মোইদা ফাওবনি।
শংবানবা অত্যাগী থম্মোইগী মনি!
লুপাগী নঙান্না লংহল্লে মালংসি।
শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল!
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা ॥

নৈতেংলে নহাক্কী চান্নবা মরূপলোই,
থম্মোইদা ঙাল্লিবা শংবানবা পৃথিবী,
নখোইগী তিন্নবা অসিনা য়াকায়রে
থম্মোইদা মপুগী অথুপ্পা লীলা'হু।
শুক্লবা অহিংগী লুরবা থাবল!
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগলগীদমক্তা ॥

৺নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

---

# "তাইবং ঈরেনবুং"

১

ঙসি লাইজ ঈরেনবুংদা নৌরেন খুত্তা পায়রকইবা।
ঈয়াই তম্না হোল্লকইবা!
কনানো ঝাকয়ৈ হিহোনবা!
তুংগী চাংজো তুংওইবা ঝাকয়ৈ হিরম থঙঙবরা!
মাংগী খোংকাপ তম্লিবা থুম্‌-নৌহোং হঙঙবরা!

২

পাক-চাওরবা ঈপাকনি লাঙঙমদবা লমদমনি,
অরুবা ঈশিং ঈপাকনি,
মপান নাইদনা লুবনি!
ঈশিং অতুগী মনুংদা থাং তা য়াম্না লৈবনি,
মচীন য়াম্না তুমবনি শোক্লবদা হিংকম লৈত্রবনি!

৩

চাংজো লমদম ওইবগী মাগী পম্বেং থঙদরিবনি,
ঈথক হাকনা চাওত্রিবনি,
মুংশিং অতুক কনত্রিবনি!
হোরেন ঈপাক য়োরগা মহোয়গী চৈথা থঙগনি,
অঙকপা অকিবা মশক্লি য়েংউ কোক্তা খুৎ হাপকনি!

৪

রাকয়ৈ হিরম খঙনা হিদম্মু  থুমু নোংহোৎসু উনদি,
হিরম অতুনা চুমত্রগদি,
ঈয়াইঃ লমদম য়োৌরগদি,
হৌজিল্লক মায়কৈ থুদিংগী  চৌংগুম চাওবা ঈথরুদি,
কমদৌনি শিংলক্নি  'মুক তমথিবা হুংশিংনদি !

৫

য়েংউ আদা তৌরিবসে  লম্মুক্নরবা নিপা অসে,
হুমিংসু থাসু থোকখিদরে,
মঙান কোবা 'মতা উখিদরে !
থাকপনে লাওবনে নোংনসু  অতৎ অথম লৈখিদরে,
মরক মরক্তা নোংথাংনা  অকি অকিবদা মউখরে !

৬

হিবান্নদৌরা নেমত্রিক নেম  'কায়বা ফত্তবা হিগ ওই,
হিন্নুংসু ঈশিং চঙশিল্লক্লে,
আহু লুপফেৎ লুপফেৎ তৌরক্লে।
নৌরেনগী থুংহোৎ লেপখরে  মকোক্তা মথুৎ হাপত্রে,
মমায়সু পুম্মু মুশিনখ্রে  লৌশিং অপুম্বা মাঙখরে !

৭

খোংথাফম কোয়না য়েংবদা  হিনাও কাওদোন্দা মঙাইরে
লুপথরক্লবা রাকয়ৈনি,
হিনাও 'সিম্ম লুপথর'নি !

লুপ্পনি হায়বা খঙনা খঙনা হিনাও কাওদোম্দা কাখৎলি,
অসি য়োরবদা হিনা লুপলোইদবা করি লৈরি!

৮

আহু অমুবা নোংগী মরক্তা অঙোবা ফিরান পাইরিবসে,
ঈথক অপুম্বা থুগাইখিবা,
লাঙঙমদবা ঈপাক লানখিবা!
য়েংউ কয়া নিংথিখরবা চাংজো থক্তা কাখ্রিবসে'
হুংশিবা রাগিনী কয়াবু শক শোন্দুনা য়োথ্রিবসে!

হিজম অঙাংহল সিংহ
এপ্রিল, ১৯৩৩ ইং

---

## অরেম্বা-নত্তে

ঈচেন তাংথক লৈতবা,
অমৃত ঈচেল ওইরবা,
পুন্সি তুরেন মপাম্দা,
কনানো হন্না য়েংঙিবা?
নপোং নরন কাওবরা,
মরূপ কনা কায়নবগে
হুংশি কনা লৈজোরবা,
করি পুক্রিং লাংতক্লরি।

নিংখিবা পুন্সি তুরেম্নি,
হিদেন হিদেন লৈরিবনি,
হিদেন মতাদি কবদা,
খুবম চেংনা কুমথজো।
হিদেন মশিং খঙঙকউ,
খোঙ্গুন মুন্না য়েংঙকউ,
মণিমুক্তা তান্নিবনি,
পোংশক মুন্না খঙঙকউ।
হেদো নাহেদি তমহুনা,
তৌরাং ফকতা ওনবনা,
পাঙ্গল মমল শকইবনি,
মঙোম্দা মুন্না হঙঙকউ।
ধর্ম্ম! কায়দবী সত্তীনা,
তাইবং হায়বা মপোক্তা,
নিপা ওইনা পোকপগী
তাইবং মমল তাকইবনি।
লাকউ তোরৈ মতুং ইম্না,
তুরেন মাগী তারুফমদা,
ফংগনি ঈপাক অচৌবা,
তাইবং সমত্রু কৌবনি।
লোক্তা তারবা মণিগুম,
লৈবনি নংগী লকাহুংদা,

মণিগী থাউমৈ পায়তুনা,
লম্বী অদোমদা কুম্মকউ।
তুরেল অতুগী তারুক্‌ম'
তাইবং সমক্রু মপান্দা,
নমায় নোংথক য়েংতুনা,
হঙঙ্‌নু কনাস্নু থুম্মকওই।
তুরেল অতুগী ঈচেন্দা,
ঈপাক অতুগী ঈথক্তা,
হাননা পাউথুম লৈরবনি,
মঙোন্দা হংতুনা তারুকওই।
তাইবং সমক্রু লৈখাদা'
হী-য়াই য়াম্মা তারিবনি,
মমল য়াম্নবা ঙাক্তনি,
অমাং-অতা লৈতরবনি।

হিজম অঙাংহল সিংহ
মে, ১৯৩৩ ইং।

---

# ইরৈপাক।

ইরৈপাক্ ইরৈপাক্ উজন্ত্রি নংগুম্বা।
নংগুম্না হুংশিবা পুক্লিংগী পেন্নবা।।

নোংপোক্কী কোরৌ খোংথাফম ভারতকী শমজি লাংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগী হুংঙাইবা শান্নফম।
চাক্লবা থম্মোইগী অৱাবা কোক্লফম।।

কুংন পানবা মহৈ মরোং চুমা শাংপা ফৌগী চরোং
মিংয়েংগী লম্বীদা অইংবা পীনবী।
নচাগী ৱাঙুনা চেংজেন্দি হল্লিবী।।

কুঞ্জ কুঞ্জ থুদিংমক্তা চাংয়া তময়া পুম্নমক্তা
পোম্বীনা চেক্লানা নগুণদো শকচরি।
শান্তিগী অচিকপা ঈৱাদি শিন্থরি।।

পুকচেন তপ্লবী নংগুম্বী নপারী লুনা তৌজবী
শামাম্নবী নতারোই কনাদি লৈৱগে!
নংগুম্বী ইমাবু কদায়দা য়াওবগে!!

অকনবা ময়াম পোকচবী অথোবা ময়াম য়োকচবী
বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নোংশারেন নপারী।
ভারতকী পুয়াদা মমিংদো শোন্নরি।।

চিংথংলেন নিংথৌ অথোইবা ভক্ত লৈরাংলেন লুহেনবা

সনাগী মুর্ত্তি জয়সিং নিংথৌরেন।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজংবা থৌবুরেন ॥
বৃটিশ লমখাই পম্বেংদা নিপা থোক্লবা লাম্বোংদা
মিংচৎকী শিদউ থারম্বা নোংশা'নি।
গম্ভীর নরসিং লাইপোক্কী নচানি ॥
লৈবাক্কী রায়েল লাংলোন্দা য়েক্লবা-য়ৈখাই লাম্লোংদা
প্রজাগী পেন্নবা থৌরমদা লাইরোইবা!
ঈশ্বর কোলোয়না কোরৌগুম ঙানখিবা ॥
মিংবু ফানগে চন্দ্রকার্ত্তি নিংথৌসিং কোকথক কীরিতি
বৃটিশ সন্মানবু লৌশিংনা লৌখিদো।
অরাংগী থরানগুম মাঙদনা ঙাল্লিদো ॥
অসুম্বা নচা পোক্তুনা নমান্ন' মাংজিন থাহুনা
অয়ুক্কী শজিক্সুম মোমান্দি নোক্লম্বী।
শক্লেনগী মিরেন্ন 'তিয়াদ তারম্বী ॥
ফত্তবা মীচা কনানা কল্লকপা মৈনা চুহুনা
তাথিরা হাযহুনা ইমাবু চেম্বরে।
ইমাগী ফিনাদা অমোৎপা তৈবরে ॥
নৌনা হোরকপা নচাশিং ইমাগী থৌদাং কাউবশিং
অসুম্বা ইমাগী মিংথিবা লৈরিবা।
কোকহনগে নীংদবা কয়াদা পংলিবা ॥
নপারী নোংশা খিবিক্তি চংখরে কালগী খায়াত্তি
মহুগী দমক্তা তেংথারি ইমানা।

খল্লরে মহুবু লৈহোবা নচানা ।।

মৈতৈ মিংলেন্দি কৌরগা মাতু থৌরাংদি কাউরগা

নাপনগী ঈভাংনা ফিজোল্লা তৈরিবা।

নরক্কী লৈখোয়া লাইবক্তা থিল্লিবা ।।

পংলবা নচা ময়ামসে লৌশিং শোইনাইবা পুম্নসে

লাকখিনি অমুক্তং ইমাগী তম্বাক্তা ।।

ঈশ্বর পোকপী পলেম-ও নরসিং য়োকপী দেবী-ও

মিত্তগী ঈরাদো অমুক্তং তৈংথোকখো।

থাইনগী মীনোক্তো অমুক্তং নোকাপিখো ।।

অরাম্বম দরেন্দ্রজীৎ সিংহ

---

# বাল্মীকি।

( রাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহগী "বাল্মীকি"দগী লৌথোকপা )

মহু-লিশিং পানবা লিল মাগী মশকপু

ওইরম্না পাপয়াম্না চিকপা হোরে মহাকপু

করি-করম তৌরগা পাপয়াম কোক্লি খল্লক্লে

হুংশিরবা থরাইদো তম্না থাগে নিংলক্লে

হিংলুত্না কদৌনি ঐগী কনা লৈত্রদা
অসি হায়না খনবনা রাম্বত্না তুখিদা।
য়োংত্রুম-গদা থাদোক্লে রাম্বরেদো মীহাৎপা
ভাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা হম্বরকই মীওৎপা।
মিৎলু অনিত্থদগী তরং লাইজ শিম্বরে
কপ্না কপ্না চেনখরে সন্ন্যাসীবু থিখরে।
খোংদোই য়াংনা চন্দুনা ব্রহ্মা-নাকপু য়ৌরুরে।
মখোং থুয়া অনীদা তুরম্বনা হায়রুরে।
ভক্ত-সাধু অথঙবা, তাকপিয়ুনে ননাইদা
গতি লৈত্র ননাইদি শিজ্জরগে ঐহাক্তা;
পলেম-পম্বো অনীমক কুপী মাসু য়াওননে
লোইনমক্তা হংলুরে অমতসু য়াদেনে,
ইপাপ শরুক য়াবিবা কনামতা য়াওবিদে
ইদোম ইথন ইরাল্লং লোইদোরিনে ঐহাক্তে।
মালেম লৈকোইনুংসিদা পোক্লকপসু ইথন্তা
শিরমদাইদা প্রভু-ও ইথন্তনি ইথন্তা;
খঙলক্লেনে হৌজিক্তি হিংনিংদরে ঐহাক্তো
মালেম তাইবং থাত্থনা চৎনিংলেনে ঐহাক্তো।
তাকপিরোনে ননাইদা তোল্ল তার ঐঙোন্দা
পাপয়াম অসি কোক্তুনা লানগদোবা লম্বীদা
ইমা-ইপা অপুম্বা থাদোক্লগে তন্নমক
হিংনিংদরে ঐহাক্লে হিংবা মখোইগীদমক।

করি তৌজো হায়বগে তাকপিবদা তৌজনি
মতৌ করম তৌরগা ইপাপ-অসি কোকনি ?
মতৌ অদু উবদা হুংশিন্থুনা ব্রহ্মানা
তাকপিরকই য়াথংবু তৌগদৌবা মহাক্না,
আদা লৈবা পুথ্রীদা ইরুজরু কুমথুনা
নশা অদু শেংলগা তাক্নি পাউতাক ঐক্না
ব্রহ্মা-য়াথং কোকথোংনা' রত্নাকর চংখিদা।
ওম্থোকপনি পাপচেনবা মানা য়েৌবা মক্তুদা
ইমায় চোম্না লৈরম্বা পুথ্রী জাগোর অচৌবা
ঈশিং ইরিক অমফাও লৈতনবু কংখিবা,
পাপকী দণ্ডি কয়াদা চাওনা ফংই খনবদা
রাবনবু খমথেংখি তন্না তমখি ব্রহ্মাদা,
ঐগী ইশক উবদা পুথ্রী ইকং ওনথরে
চাওথ্রবোইদা ইপাপতি গতি অমা লৈতরে।
রাকম অসি তাবদা মোমোন মোমোন ব্রহ্মানা
কমণ্ডলু পাইখৎলি চাইখি ঈশিং লোথুনা,
কমণ্ডলু ঈশিংনা শেংদোক্লবা হকচাংদো
মন্ত্র পিবা য়ারাম্ন তারক-মন্ত্র তাকপিদো,
মহামন্ত্র অথোইবা তারক-ব্রহ্ম-মিংথৈদি
রাম কৌবা মিংথৈদি তাকপিখিদা তন্নদি।
রাম রাম শোন্দুনা মপাপ পুম্বা কোকখিদো
নামগী মগুণ উবদা ব্রহ্মা ফাওবা ঙকখিদো।

নামগী গুণদি কৈহায়নি অমুক্তবু শোনবদ:
কোক্লকপদি পাপশিংদো মীওই মপোক অমদা
পাপী মানা তৌজবা মপোক'মগী পাপশিংনা
রাংপতনি হায়রিয়ে শাস্ত্র পুম্বা তিন্দুন ।।
মচিন-মরৈ পান্দবা মরোল লোনবা ঙমদবা
উপাল-রাপাল পুন্নমক লোইবী চিংজাও অচৌবা
মথোই খিবিক অসিসু সাধু-লাইশোল তাবদ:
খোম্বাং কন্না য়ৈত্রুনা অরাল-খুভম ফংজ্জৈদা;
শোনগে হায়না শোন্দবা অত্তক মপস্থোকউবা
অত্তগুম্বা পাপী ফাও নামগুন্না লাল্লিবা
সুংশি সুংশি শোনবদা য়েংথি য়েংথি চৈবদা
পল্লুবগী মহৈদি অরাল-খুভম ফংইদা।
অঙকপনি অঙকপা তমফম খংদ'মশকনি
কবি-খোর্জে মায়থিদা মগুণতনা হেনবনি
অমুরক্তা শোনবদা রত্নাকরগী পাপ কোকপা
ব্রহ্মাণবু ঙকখিবা করম্নবু হায়দোপা
ঙম্বা নত্তে লিজবা ঐগুম্বদি তোনবনা;
তোনবদসু নত্তুনা পাপসু কন্না চেনবনা
থম্মোই লকান্নুংদবু লোৎলম্বদি পাপ পুম্বা
রাম মিংথৈ শুমজিৎনা থাক্তমথৈ শিংখিবা
রিপু-তরুক শান্নফন ওইত্রুনবু লৈরম্বা
ডাকু মাগী হকচাংঙ্গু হরি মন্দির ওইখিবা

থ:ম্মাই-লকাম্নুংত্তদা নামগী আসন থাখিবা
পাপকী পুকচেল থাতুনা নামবু চেৎনা কোনশিবা
তাইবং-মালং মপুগী যাদু হৈবা মহাক্কী
করম খঙনি ঐখোয়না লৌনম মায়া মহাক্কী।
বত্না:কর মহাক্না লৈরম্বদি মফমদো
মফমত্তুগী অকোয়বা পাক্না চাউনা কোনবদো
মলয়া-নুংশিৎ নামিবা হৈনম-লৈনম নম্বোবা
তোরবেদো থোগলবু হোরে লিরি-শিৎচবা;
য়াক্রন য়াকপা নুংশাবু নুংশিৎ নুংদা লুপ্তুনা
য়েনিং-হুম্বা ঋতুগী মেংবা শক্তম লৌখিনা
হৈপাল লৈপাল নিংথিখি উরি-উনা তেকখৎখি
অয়েং মিৎপু ঙকহনখি পুক্নিং থুদিং শুমহৎখি।
মনাই-ভক্ত লৈবা-লম হরি মানা লোয়নফম
ঙশেং তশেং উৎখিদা ওইথি পুক্নিং শুমহৎফম।
পিক্না তোন্না থনম্বা মহুম-মচা স্বার্থদো
রাম মিংথৈ মগুন্না তাইবং মহুম ফংখিদো।
মপা-মমা নুংশিবা পারোল-পুরোল শনখিয়ে
তাইবং-মালেম শক্তম্বু মমা শক্তম ওনখিয়ে,
নাইতোম তানা লৈরম্বা জীব মাগী আত্মাদু
ওইথি তন্না থুনদা চাওবা আত্মাদু
থনুংদগী ঙংলকপা খোঞ্জেল মাগী নুংশিবা
নুংশিরোলদা খঙখিদা অঙকপনি অঙকপা॥

য়ুমদা হনবা কাওখয়ে পখৌ-পক্লেন-কাওখয়ে
হকচাং-তংখায় পুরিবী মুপী মাক্ল নিংঙয়ে ;
তাইবং পুম্বা কাম্নবা প্যারোল-পুরোল লাম্নবা
রামগী নামবু শোন্দুনা লৈগে নিংঙ্গে মীহাৎপা।
রামগী ভক্ত মহাকপু পাম্নি ওইনা কংবনা
চ্যবন মুনি মহাকপু য়েংঙ্গে রাম্না শেন্দুনা
রত্নাকরগী মমাস্থু মহাকৌদি হুপীস্থ
রামগী থুয়া চঙহনা ঙমগ্রে লৈবা মখোয়স্থ ॥

শীতলজীৎ

---

## অমর কবিতা।

মমাংঙৈদা অহুঙৈ অমম অঙান শিম্নঙৈ
পেন্না খোংখি থম্মোইগী বীণা
মমিৎ তাঙবা অহল অমা
কোয়না চৎপা শৈশকপা।
চীং ভুরেন লাম্নবু চোরকোন পাম্বী মরক্তা
চৈশু থুত্তা পায়হনা
ইশৈ শকপা ফজবা মুত্তি

কজৱ্রেদা ওহৌক্কা !
থাপ্না লৈবা দৃশ্তনা
লৈচিন নোংকাই লোয়নবা
থোইনা পুক্লিং হুবগুম,
হো-ৱ্রবা নংগী কবিতা
পুক্লিং হুৱ্রেদা ওদোক্কসু !
হৌথরে কয়া কয়া শতাব্দী
মুংথরেনে কয়া কয়া সাম্রাজ্য
নানথোকপা ওমত্রি মীওইবগী পুক্লিংদি
নংগী কবিতা লাংদগী।
নানথোকলরোই ঐথোয়গী পুক্লিংসে
লৈরিবা মথৈ পুক্লিংনা;
নানথোকপসু পামদরে, হে শৈশকপা অথোইবা
নহাক্কী ফজবা লাংদগী।

থরগী মতম লৈরগা
অমসু লাকখি হুপা অমা
লাউরেনগী লুহুপ উপ্তুনা।
অল্লস চৌংগী নাপোমদা
শাংলিবা লৈরাং ডাকোডিল
চিম্নদনা কেনবদি কল্লকইদা কবিনা !
থায়না মৈচাক থাওহনা ইরুবা দুংশি কবিতা

মতমগী ঈপাক লামবু
ঙসি ফাওবসু নুংখিরি।
নিংথৌ কয়া নবাব কয়া
কয়া কয়া নিংথৌরেল
লাক্লম্বগা মুৎথরে মতম উবা মুৎথিগুম।
তৌইগুম্বসুং নহাকী কথিভা
কায়নবা থুৎনা ইরবা
মুৎকনি কৈদৌঙৈ নিংশিংবগী লামাইদগী?

মমাংঙৈদা নোংমনু ইঙাগী অহানবা নুমিত্তা
কনাগুম্বা 'দক্ষ' অমা উজ্জয়িনী কোন্নুংগী
থা-খি মাগী মেঘদূত পূক্লিং হুরবা রাহৈনা
চৎখ্রে ঙসিফি কদাইদা মালবিকাগী 'দক্ষ'
নুংশিগী মৈচাক্লা ঙাওরবা?
চৎখ্রে ঙসি কদাইদা
মমিত্তা উরবা নোংগী মপৈ?
অহুবু মাঙগনি কদাইদা
মহাক্লা থান্নবা মেঘদূত?

লৈখ্রে কদাইদা কবিতা
হৌজিক্কী নিন-খোংবা মরক্তা?
মমথরে অতিয়া কারখানাগী মৈথুনা

লুপথরে সহর
ট্রাম বসকী অনিনবা মরক্তা।
মতুং ইন্না মতমগী ভোরৈ
ভাউথরকলি হাপ্ মপৈ মপৈ
মতমগী ঈচেল মথক্কা।
থনপ্রে দৃশ্য অমোৎপা মপৈনা।
অতুবু, অমোৎপা পুথ্রী ময়াইদা
শাংগগুম থম্বালনা
থোইনা হেন্না পুক্লিং হুনা,
শাংলি অমর কবিতা, শিফত্রবা কবিতা
অতৎপা লৈতবা মীওইবগী পুক্লিংদা।

রাঃ কুঃ ঝলজীৎ সিংহ

---

# করিগী খুনগৎপিদবা।

পলেম ইমাও!
নমোম্ভু শিম্বাবিরন্থু ভসিদি
যুবরাজ বীরধ্বজ—

'থোয়গী লম্বীদা লেংলকনি –
ইত্না থম্বালনা তম্লকই ।
তাকপিউ ইমা নমোমদা,
করম্না শন্নাংসি পুনসিগে ?

ইমা ! ইমা শেৎচরগেম্নি
রেসম ফুরিৎ, ফিগে ফনেক ;
চিঞ্জবগেনে কুণ্ডল নাইল,
পিবিরো ঙাঙ্গোই পরেং !
ইমা করিগী ঙকলিবনো ?
নমোম্বু শিন্থাবিরবু ঙসিদি ।

পনবিরমগনি থাজদে
নিঙোল থরাই থোঙ্গান্দা,
চৎখিগনি মহাক্তি ;
উক্তহোবদি ফংগনি
নুংশি চেংলৌ মহাক্কী ।

ইমা ! ইমা নুংশিবী
নিংথৌ মজা ইবুঙো
লেংলক্লগনি যুবরাজ,
চিঞ্জরগে পিবিরো
থেংথরেনে কদায়নো ?
য়েংউ ইমা লেংলক্লে !

স্ন-খোঙ হাংখরে—
কোরৌ মশেক্ন লৈরক্লে;
দোলাই ক়াংমাই লৈরক্লে।
পিবিরো ঙাঙোই পরেং!

চরৈ মাইখুম হাংদোকচ
নিঙোল থরাইনি থমজবা;
থদংচরে লিকফাং ইঙক্তগী,
শানৌ মাংদা লংথজরুবদি
নেথংখরে ইমা নেথংখরে
দোলাই চাকানা মালেম থক্তা
ইচোয় চোয়রে উফুল্লক্তা।

তাকপিরো ইমা তাকপিরো,
নমোমগী হুংশি খুদোল,
নিঙোল থরাইনি থমজবা
কবিগী থুঙৎপিদবা,
তাকপিরো ইমা তাকপিরো।

বেদজীৎ সিংহ

---

# লৈবিয়ুকো ইনাক্তা।

কদায়দগী করুম লাক্লুনা থেংনবনো খঙজৌত্রবা
মেরাথগী থানিল্লা ঈময় চোল্লবা লাইজনা
পাথোক্লগে মতাগুম ইংনা নীক-নীক লাওগুম্বা ঈপাস্থক্তা
মালং তাম্বা ওমদাই ওইরগা লাইজ ঈপোম ঈরাইনরগা।
লেম্লরুগে মতাগুম থাজ ঈপোম লাংলগা
থেক্লা-নোনা হায়না-হুম্না শকহেনবী
লৈরাং থরোগুম ফজবী শক্লা থোগাই ওইরবী
অমবু থম্মোই মিংলম তাক্লুরে।
মাংদা লেপ্লিবী মেংনা ইচিক্লনা ফজবী মহাক্কী শক্তম্না
থেক্লা নোনা অউবা কনা য়াওগ্রগা খোইরাংখিনি মতাগুম্না
মহাক্কী ফজবা মশক্তম্বু মদোম পুঙমদবনা
লৈনা-লানা খাংবদা মশা মদোমদি খঙজবা লৈতনা
খোয়খোইনবা শক্তম্না মাগী ওইরবী
পুংয়ান ওইবা মাগী নোরবা শাথেক্তা
শোকপদা কাইখিদবোই নিংবা থোৎনা-মেংলবা
ইনিন অমা ফাওরক্লে।
নহাক্কী ফজবা শাথেক্কী ইচিক্লনা মেংনা হাইদোরকপা ইনিন্না
খিক্তা থেংবা য়াত্রবা—তপ্না হুম্বা মালংবগী হৌনশা

হুমগেদা থৌরাং তৌবদা ইনিন হাম্না কংহুনা
মদোম মখোন থোকচগে থৌরাংলিবা তনীক-তনীক লৈরবা
ঐগী থম্মোইদা তিংলিবা কুপ্লবা তারদা
তপ্না তপ্না মাগী ইনিন্না শোক্লমবোই
থম্মোইনুংদগী খাম্বা নংহৌদনা মিরবা খোঞ্জেল অমা থোকপ্রে।
থঙহৌদ্রে ঐহাকসু—ঐনা কল্লকমীহৌচাওবা ওইহুনা
নংগী শাথেক খিত্তুংদা উবদা ঐগী থম্মোইনা নৌমনখিবনা
তাবিবা কনা য়াওদনা থোকখিবা খোঞ্জেল ওইহুনা
ইদোম ঐগী থম্মোই নাকোংনা তপ্না ইহুল নাইনা তাহুনা
ফোঙহুমদনা লৈরবা থম্মোইগী রারোনগুম
ইদোম শত্রগা ইদোম থম্মোইদা চিকমাংনহুনা
নহাক্সু তাবিদনা অরেম্বদা নাকোইনহুনা তোকখিববু ওইরিদ্রা ?
অদুবু নহাক্না তাবিদ্রবসু—
কুংশদ্রা য়েংঙু তামুক্তদি—নংগী ফজবা শাথেকী শহুন্না
তোইনা-তোইনা য়ৈররমাল্লে ঐগী কুপ্লবা থম্মোইগী তারসিদা
তত্তুনা মিরবা খোঞ্জেন্না খোম্থাং কয়া থোকহন্দুনা
নংগী ফজবা শাথেকী লৌনা কুংলবা তাম্বানুংহুদা
কনাগী ইথিন য়াওদনা মদোম তুমিন্না
কনাবুসু তাক্তুনা লৈশিন-লৈশিন চঙখিদুনা
নংগী শাথেকনুংদা তিনথ্রেনে ঐগী থম্মোই’ মিরবা খোঞ্জেনসে।
রারোমু—মীহৌচাওবা ঐহাকপু, থঙডি ঐসু—
ফজবা নংগী হৌনশা লৈরমগনি নংগী থম্মোইগী অচেৎপা চাম্নরোই

থাজগী চান্নবোইনি খঙলবা ঈপাদ্বকী শকহেনবী থবো উবদা
থম্মোই কয়া গুডঙোল কঙঙাওননা কল্লক মিত্তানবগুম
নংগী নশক হেনবনা মুঙাঙালদবা ঙমদবনা ঐহাকসু
থম্মোইনা য়ৈরবা নংগী শহুয়া
ফজবা উবগী হৌনশা খিঙডুমদনা খোকখিবা
ঐনা মীহৌচাওবা ওইরবসু ফজবা নহাকথং ঐনা খোইরাঙ্ক বনি।
নংগী শাথেক্কী শহুয়া য়ৈরহুনা থম্মোইগী চিক্লা খোরক্লবা
মিরবা থম্মোইগী ত্ৰাবিবা কনা য়াওপ্রবা ফোংডমদ্রবা খোঙ্গেল
ফজবা উবগী হৌনশা থম্মোইনা কল্লকইশো লাংলিবা
ঐনা থোক্কে শাহুনা থোকহনবা
ঐনা কল্লক্কে—লৌনমনা বল্লকপবু নাত্তুদা
তাও—ফজবা নহাকথংগী থোরকপা থম্মোইগী
মিরবা মুংশি য়ারানি।
ঐগী থম্মোই ফেঙডমদ্রবা রারোলগী মিরবা খোম্থাং তারগা
কল্লক-চাওমনবনা মদোম থম্মোই কাইরহুনা থোরকপা
য়ারানি থন্দুনা
উহনবিদনা লোংথিনু—ফজবা নংগী নশক্তম,
নিংথনা ফজবা নংগী শাথেক্লা য়েংজো হায়বা মতাগুম
নংগী মোমোন্নবা মাইথোং উংলগা
নৈবিয়ু ঐগী ইমাংদা ফজবা শাথেক্লা
য়েংঙুরগা নংগী ফজবা নতোবু ঐগী থম্মোই পেনবা ওইজগে।
কল্লকচাওবা ইপাও তারগা—

লোংখিতুনা ফজবা নশকতম মাঙখিবা থোক্লবদি ইমাংদগী
খাংবা ঙমজরোইকো ঐহাকতি নংবু উদবগী মৈচাকতো
থোরক্কনি থম্মোইদগী খাংঙমদ্রবা অহাবা মৈচাকখোল
করিগুম্বদা নহাক্না মীহৌচাওবনি খন্দুনা যজবা
নশক উহনবিত্রবদি
কনানা তাবিগনি ঐগী তেংথাখোল
লুংনাংনবা রাখন্না তহীক্লনা লেম্নরদো
হৌজিকসু ঙমজদ্রে ঐহাক্তি নংবু মিকুপ অমতা উদনা লৈবা
করম্না খাংহোগনি মতমদুদা ঐহাক্না।
কাইখিনু, লেংখিনু মাংদা লৈরিবা ফজবা শকতমসে—
ফজববু কল্লক মীহৌজবতা থংলবা লুংশি চাওবা ঐহাক্তি
অপাম্বনা থুম্নংতুনা লৈরক খাইনা লুংশি-হৈতনা চঙলগা
ইনিং তৌনা হেকচবা ঙম্বগী ইথৌনাসু লৈজদবনা
তমথিরবা ইথুংনফাওবা করিলুংদসু শোকচদনা
ফজনা লৈবা শকতমু কাইদনবা
কোমগোম থমজরগা চিংনা য়েংতুনা
নংগী ফজবা শাথেক্কী ইনিনতদি ফংজনবা লৈজবা পামজবনি
মাংদা অসুম থেন্দুনা থমজরগা নংগী ফজবা ইনিন্না
ঐগী থম্মোই তারদা ইহুন নাইনা য়ৈহনবিরগা
নিংথিবা শৈহেক থোক্হনবিতুনা ফোঙঙমদ্রবা
চোইরোনগুম্বা ইপাওবু
তাইবং শন্না নাকোং থুংনা তাহল্লগা

ফজবা নশক্তম উচ্চবা ওস্বা
মচুতবু পামজবা নিজবনি নংবু ইনাক্তা লৈবিনবা।

খুমন্থেম ইবোহল সিংহ।
তাং ৭।১০।৫৪ ইং

---

## "মঙাককী লিচিংদা"

১

লৈমায়থক্তা কন্না হাইথখিবঘা
মীকুপমতং লোশিং মাঙসুরবা তুংদা
মাইগৈ থুদিংদা কোয়থনা য়েংলকই
অৱাবা মীকপনা খংনা লাউরকই—
কনানো ঐগী থুৎপু চেৎনা পাইরিবা
কদায় য়োনা ঐবু পুগে থোরাংবা ?

২

ঐনা মীকপ থোকলকপা মতমদা
মাইগৈ থুংনা তথকনা য়েংলকপদা
লৈৱমলে ঐদি মীওইবনা কোইশিন্দুনা

উরুবদা মখোয়গী রাথন্দা শুন্দাংখিবনা
কাও থ্র-হৌখিবদনা কদায়দা লৈরম্বা
নিংশিঙদ্রে—হান্ননা করি ওইরম্বা।

৩

শকখঙদবা অমনা খুজেঙসি চেৎনা পাইখিবনা
ঙমদ্রে ঐদি চৎচবা ইনিং তৌনা
মানা ঐবু লেপ্তুনা—লেপ্তুনা চিংলি
নাম্বোকপা ঙমদ্রবা ঐসু অতুমক ইল্লি
হন্নফাওবা য়েংবিদে কনগ্রবা থম্মোইনি
পোথাদনা চিংবতনা মাগী মথৌনি।

৪

মরুপকী নুংশিবা রাঙাংনা থৌনা হাপকৎপি
পাংথোক্কদবা থবক কয়াসু কোকথক্কা থোঙ্গৎপি
অথৌবশিংগী থৌদাং কয়াসু ঐহাক্না কল্লকউই
মখোয়গী লম্বেলতু তুংইনগেসু খঞ্জরুই
নাপল তৌরবা পুক্লিংনা থনদববু লৈরমদে
'চাওরম কারবা থম্মোয়না কনাবুসু কিরুদে।

৫

উদ্রে ঐগী নাম্বোক্লবা উপায়
থাংলগে মাগী কল্লবা থুৎপাই
পুরসতু ঐবু পুনিংবা মফমদা
পোথারগে মানা পোথাবা লমদমদা

অহুবু চোকথবা লৈতে মহাক্তি
মভোম্দা শান্নপোৎ ওইরে ঐহাক্তি।

৬

চিংলি মাদি—ঐবু লেপ্তুনা চিংলি
তুংথংবা খোংথাংনা মাংথঙববু ইল্লি
চমলবা নারাগী লমদমত্তু তুং ও'হোরে
থিংঙমদবা রাথলনা নিংশিংবতা মঙাইরে
কল্লকই লমদমত্তু ইনিং তোনা শান্নজরম্বা
ফংলরোই স্বর্গদা অমুক্তংগা য়োৗজবা।

৭

য়োরকলে লমদম'মা অনৌবা মফমনি
হায়রকই অখঙবনা 'মথোক কারকপা' লৈপান
লম্বেল খুদিং থুংনা চৎলুবদা
মাইগৈ খুদিংদা কোয়না য়েংলুবদা
খুদিংমক্কা ঐগী থম্মোইবু পেনহল্লি
হুংঙাইবগী লমদমদি অসিতনি থঙহল্লি।

৮

মিকুপ'মফাও ফংখিদে লমদমত্তদা ঙাইহাক পোথাবা
অরেম্বদা তাহনখ্রে চেংনা খুহুম শিংউবা
তিংথং মৈরক ফাওহনা ঐবু চিংবিরে
হকচাংসে হোগায়বনা ইহং নাইহং শাথরে
ঈশ্বরগী থুংশেমবু পেন্না য়েংনিংবা ইমিৎনি

চৈনাখোস্তনা শিগী তুংফম ওইহনবনি।

৯

থাদোক্লয়ে মফমসি চংশিল্লক্লে মাংলামদা
ঙাইহাকস্ু মিৎকুপ্ত ময়ামত্থ নিংশিংবদা
কপ্পগা লোয়নখিবা থোদোক কয়াত্থনা
নিংশিংলি ওসি হৌনা নোক্ুনা
হরাওহনবতনা ওইখিবা থোদোকস্ু কয়'নি
নিংশিংবদনা পিরাংগী পাঙ্গল হাপকৎপনি।

১০

এঃ অনৌবা লমদমস্ু মাংদা উরক্লে
হৈমা! অস্ুম অস্ুম নক্লক্লে—
"হস্থরক্লবা পাঙ্গন্না অরাবতা ওইহল্লি
খুদোংথীবা লখানা লঙনরি, কিহল্লি"
'লমদমসিদা লাক্নু' খুৎ'মনা হাইরকই
অত্থবু চেৎলবা খুৎপাইসে নাস্থোকপা ওইররোই।

১১

লমদম কয়া ফাওরক্লবনি ঐদি
শুনা থেংনরক্লবনি হুঙাইবা অরাবদি
চংশিনগনি হরাওনা খোংথাংত্থ তুংইন্না
য়োদফদবা লমদমনি কান্নদে নিংহন্নবনা
খুদোংথিবা কিত্থনা পুন্সিসে লমথৈরোই
অনৌবা লোশিংবু তমদবা ঙমজরোই।

১২

নুঙাইবা থেংনরে নুঙাইবা ঙাক্লি য়েংখিবদা
অতুবু মিংকুপ্তে লমদমতু লাম্থোকপদা।
অরাবসু অতুমঙাই মপৈমা থেংনরকই
লৈচিংনা লেপ্তুবনা মতুসু নাম্থোরকই
মথল কয়াগী অরাবনা থম্মোইসিসু কলহল্লে
অনৌবা মথলগী অরাবা লাকঙমদনা থেংননিংলে।

১৩

অসুম্বা লমদমসিসু থিন্দনা তুংওইনরনি
অনৌবা লমদম'মা য়ৌনবা চিংলনি
য়েংউ! নিংকুপমতং পোত্থানবা মফমসে
তোর্ব্বান্দা শেমতুনা থগলিবা চিত্তাসে
মিংকুপ্তা য়োরনি লমদম অসিদা
পোত্থাবগুম নিংগনি ঙাইহাক্তুং য়াহিপ্পদা
নত্তে, নত্তেকো! পোত্থাবা, লৈচিংদগী নাম্থোকপা
লোইবর নিংবদি উৎপনি পুক্লিংগী অপিকপা
লমথুংফম পোত্থাফম নাইদবনা মহাক্কী খোংচৎনি
অশিবা, মন্থবা নাইদবনা থরাইগী মওংনি
লেপ্তে, পোত্থাদে, নাচুংদে, মাদি চৎলি
নাম্থোক্তে থরাইসু কিনা কিনা তুংইল্লি॥

বি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

# মৈতৈ লোন।

কদাই নংগী বীনাদি
অতুক নৌবা সুরদো
মৈতৈ লৈমগী খোনাওদো।
থাপ্পা লৈবা ইথংতা
তংতনা নোংনা খোংবদি
য়োই ঐখোয়'সিদদি
অঙৌবশিংনা লাকত্রিবৈঙে
মথন্নত্তা ঙাইরিবৈঙে
খোংলম্বদাই অতুবৈঙে।
করি তৌরে হৌজিক্তি
নরাই লুকলি করিগী
ব্রাংপরা শক্তি নচাগী,
বংদেশ পালা লাকপনা
ইকাইবনা ফিরুক থুম
লৈবরা কৈস্তু লৈতগুম?
ঋতু তরুক্কী মবেম্মা
ওইরি হায়বা কাওবন্না
করিগী তুংহন চারিবা?

খোংউ লৈজ' খোম্বোক্তো
শকউ 'ইশৈ অপুম্বা
তানি মখোয় অপুম্বা
হৈনৌবমগী লৈহিবু
চুপচরিবী চেক্লাদো
নংগী মরুপলোইনিদো
লৌউ মচা কয়াগী
থরাই তুংফম ওইরিবা
লৌবুক নংগী রাংতবা।
পোইনু লোইদাম অথোইবা
কোরৌহনবা মুমিৎনা
মেংনা থৌগনজরিবা
মোমোন কৌবী লৈমানা
শমনজরিবা তত্তুনা
কোকথোন পুবীগী চীম্বান্না
নকৈ থন্না হাপচিল্লি
কাওই নিংথম অইংবা
ঙাইরি বসন্ত লাক্তোবা।
রাগ তরুক্কী শান্নফম
নহাক্কী খুৎতা লৈতেংলে
রাগিনী লোইনা থৌগল্লি
ফজবদি গুণ অদো

নিংথি' কৌবা নশক্তো
নংগী ওইনা লৈরিদো
হরাওবগী ঈপোমদি
থায়না মৈগী লীচৎনে
নংগী সুম্ব তরেৎনে।

শীতলজিৎ

---

# নুপা থৌদাং উৎকনি।

ঈথক চাওনা কারক্লে, চেকশিল্লু হিহোনবশা!
নুপা থৌদাং উৎপদা পুক্লিংহনবা তৌরল্লু;
ৱৈথায় ঈথক লান্দুনা পনথুংফম য়োরবশা!
থাঙ্গৎলু রাংনা মৈরাদো তুংগী হি উৎল্লু—

"লানডম ফিরান থেৎপদি তরাই-তংগাক নওংকো
হোৎনকনবা মাতনা; ৱৈথায়পুম্বা লান্দুনা
পনথুংফম য়োরক্লবদা মতিক চাঈ শোন্নৈদো"
মতিক চাবা ওইনবা হোৎনগনি ঐখোয়না।

নোংলৈ হুংশি লাকপদা রাকয়ৈ শেৎনরবসু

নপাম্বোমগী পাঙ্গলনা লমথুঙ য়ৌগে খন্নসি
থবক পাওঙমন্দ্রবস্থু খাউড়ুথক্তা মাংল'স্থু
অনিংবগী পাঙ্গলদি মাঙবা নাইহনগল্লুসি।
অনিংবনা লমজ্রাংনি চেকশিনবনা ঙক্কনি
তাইবং থৌরম পাংনবা লুপা থৌদাংউংকনি।

তাং ৩। ৯। ৪৮ ইং
ঈঃ সোনামনি সিংহ।

---

# সীতা।

সীতা সতী অখাংকনবী
রাশকচেৎপী থৌনাফবী
চীংদা মাল্দা হীংচা য়াইতম মরক্তা
শানা কৈনা থল্লবা উত্তংদা
নহাকীদি রামচন্দ্র
নহাকীদি রামচন্দ্র
নহাকী পুন্সিগী আশা
পুন্সিগী ধর্ম্ম

য়েক্লবগী বন্দী, প্রজাগী চিংনবা
অগ্নী পরীক্ষা—অহুবু রামচন্দ্র!
অরাবতা নহাক্কী, কপ্পতনা নশরুক
অহুবু রামচন্দ্র, অহুবু রামচন্দ্র অহুবু রামচন্দ্র
কুনশুবা শতাব্দী!
সীতা !! সীতা !! সীতাদি কদায়?
মুপীগী খোঞ্জেল অমনা—
কান্নরোই মরুপ ফংলরোই
লৈত্রে নংগী সীতাদি;
থাইনগী মরুপ পুকফবা!
শীস্থরি পি চহুম নক্তাক্কীদমক্তা
মসিনা পেল্লো হল্লো মরুপ
ফংলরোই নহাক্কী সীতাদি।

অহুবু ঐনা থাজরসিরা?
থিখিনি ঐহাক্তি সীতা ফংখিনি।
কুনশুবা শতাব্দীগী চাওখৎপগী মৈশাদা
তিংখং পানবা মরুভূমিগী লৈরাং নুত্তনা
শাৎলরোইদ্রা পৃথিবীদা
কংবা তারব্রা নহাক্কী সীতা?

অনৌবা যুগকী অনৌবা খোংচত্তা
সীতা দেবীগী যাত্রাগী লম্বীদা

মওং যাওম্রবা ফিদমগী ভূতনা
শুমগ্রবরা নহাকপো জগোই শাদুনা
হেল্লোইনা চেনগ্রবরা

ফৈরেং ফৈরেং উহল্লত্রা নহাক্কী নমিত্তা—
অদুবু নংনা মৈতৈ চমুবুদি থঙলত্রা ?

নহাককী মেছানগী ফিদম
মেছানগী রাখল মেছানগী লমচৎ
পুন্নিবা তিল্লিনবা থাইদোকপা য়েন্নবা
অদুদগী প্রেম অদুদগী অঙ্ক
অদুদগী মেছান—

করিসু লৈত্রবা জীব ওইনা
উগ্রবরনে নহাকপু দারনা,
মাইক্রোসকোপনা, ইকোনোমিক্সনা
উগ্রবরনে নহাকপু
নহাক্কী থম্মোইবু।

চাবা হিংবা, হিংবা চাবা
মেছান মেছান মেছান
কদাই মীওইবা দেবতাদি ?
মৈতৈ চনু লাইবক চাওবী নংবো
কপ্পতনা নশিঙ্গাংলনে।
চীংদা কাহ্নুনা শীংজনবী

পাত্তা কুমহুমা ঙা থিরীবা
অনৌবা মশান অনৌবা পুন্সি
চেপ্লো বন্দোংগী চেনখগ্রো
কাম্নত্রবা নহম চৌকথংলো
অঙাংবা, অশংবা অঙ্গাংবা
থাজদরা! থাজদরা!!

—কুমাক ওইনা পাইথক্লে
নংদি কজবীনি নিংথিবীনি
নংদি তাংজবীনি
পুন্সি চুপ্পা নোংজবীনি
অমরাবতীগী নৈকোম্নি তাজমহলনি নহাকীদি
নহাকীদি নহাকীদি
মৈতৈ চনু নহাকীদি—
নহাকী পুন্সিগী আশা
পুন্সিগী ধর্ম্ম
নহাকী পুন্সিগী আশা
পুন্সিগী ধর্ম্ম॥

শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ।

———

## অতিয়া ঈপাক্তা।

কন্নিদা নুংশিগী নীংচিংসে
ঈবুংঙো মংনা পীনবসে।
খুমিথ্রি তুমদা
অতিয়া ঈপাক্তা।
মৈচিনগী নুংশি-শায়-পোথোক
মতিবু ঙম-ঙা শায়বদা
ঈপাকপু পুংনদি কোঈবদা,
মৈমিথ্রে পেক্কা
মাইথিত্রে ওকচবা,
বসন্ত কোৎনদি শানৌনা
চায়বা কোয়ৌবু পুচনা
কপচরি হিকনদি
পুকনিংবু শোকনদি,
হিকলবা কৌজেংগী খোংজম্না
থায়ন-মৈশানদি লাংবনা,
কুপচরি মাইরোংদি
য়াচংবা ফিমুদি।
হায়রিগী থায়নবা ঈমৈশদা,

কায়ন মতম লাকলবদা
উচ্চরি কোরৌদি
পেন্নবা পুক্লিংদি,
উতোন পকপনিদি মঙান্না,
নিংহন চাবনিদি খোংমাংনা,
য়েংজরি শানৌবু
খাংজরি লৈনবু,
লোইবী নাপোমথক্তা ভুংহন্না,
ভুংহন তোইনা য়েংবা মিৎয়েংনা,
উচ্চরি রাবদি
নুংশিগী মৈচাক্তি,
কল্লিদা নুংশিগী লীচিংসে
ইবুঙো নংনা পীনবসে।

অশাংবম মীনকেতন সিংহ

---

# কৈদনো পন্থো।

কৈদনো পন্থো অপোকপা নপারী নমোম শেংলম্ববো ?
ঙ'স নংগী কায়ন মৈশা লাংবর মপী কায়নরবা যন্নাওগুম
নৌনা হোৌরক্লিবা মৈতৈপারী চন্থুশিংনা খুদাং পিফম তৈরি,

হিক্লা হিক্লা কপখিবনা থম্মোই লাইয়ুম কায়নরি।
কল্পতরুগুম মৈতৈ পোইরৈ লমদময়াইদা লেপ্তুনা
লম্মুক্করবা নচাশিংগী লম্বী তাকপিরম্বা,
আঃ পম্মৌ থৌদাং লোইরে খনবরা,
খুংশেম নংগী চারশিং শিন্নরম্বগে কনাদা?
মরিবচুম্বা হৈপাল উপালনা লৈমাই লৈশি লৈথোনবগুম
লুরুক্কবা নংগী তাংজ মাইথোংনা লৈতেংলম্বা
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাংনা খুজাক ফাজরি
অপোকপা নংদি উরিনি, লৌবিউগবা অঞ্জলি।

নং নত্রনে অপোকপা নোংমা অযুক য়েন্দা অঙনবদা
খোর্জৈ লাঙ্গোন পায়দুনা, ৱাখল ক'ওবেন মাংদ থা
উবিদ্রবা মৈতৈ সাহিত্য লৌফম লৌফাৎ লৌ নিল্লম'দো
হায়যুগবা শিন্নরম্মি কনাদা মৈতৈগী লৌরি য়ুম্ফমদো?
"থাইনগী লৈরাং" চায়োকলৈ মল্ল মল্ল লৈক্লংশি নাপ্প খুদিং
খেৎপিখিবা,
"মধুমালতী" হুংশি লৈপুন্না মৈতৈ থম্মোইবু পুনবিথিবা,
'ফিদম' ফিজিন্নুংদা য়োমহনা ছাত্রশিংবু যোকপিখিবা
হায়যুগবা পম্মৌ অপোকপা, করম্নবু লমনশিংশিবা?
কুমশিদি পাকচাওরবা মৈতৈ সাহিত্য লৌফমগী কুমগাংদবা
লৌরাকশিমম্ব শিংলেদো, য়েংউদো মৈতৈ পারীচন্নুশিংনা
চরাম চদৎননা, মশম মনা ফানা, মমাই মাইথোং লাংশিন্না

লৌরি লৌরিদা চত্তুনা পম্থৌ নংগী থুনাম তাব্রা য়েংঙিনা!
কপ্লিদৈঙদা অমুক মীকপ মপুং ফাহল্লসি মতাগুম
তেংথারিদৈঙদা তেংথাগুরম গুহল্লসি শরিনগুম
মহৈ লোইশংগী বত্তি অমা মুৎথ্রে হায়না সেবকশিংনা,
নাওরাগী শোক্লবা স্থরনা হৌনা হৌনা কপ্লিনা!

আঃ হরি হয়া মিঙ্খেরেন চুমত্তমক শোল্লুনা,
প্রেমগী লৈবাং খুজোক পিরোইনা কংপগে?
পিহোরি করি "লৈত্রে নচা চাউবা. কপ্প ইমা য়াইথিবী"?
খঙদবরা, তেংথারোল খোঞ্জেন তাবদা থম্মোই ফিবুক কায়নরেনা!

নত্তে চুম্মি, কপ্প, কপ্পতনা তাইবং মীগী লৈতেংনি,
মিৎসু ঈরানা থম্মোইলকা শেংনিংঙাইনি, কদাই মৈতৈ লৈমা,
পারীলক্তগী অহেনবা নচা চাউবা রত্ন শেংনববু করিগী কপ্তবনো?
কপ্প তৎপ নাইদনা শিম্বরকপা ঈরানা পোইরৈ লমদম থুমহৎলু।

কদাই লাঙ্গোল লাইরেম্বা হৌজিকফাও নিংঙাইদনা লৈথোক্লি!
নং নম্রা তম্বীথিবা অত্তুদৈ নচা চাউবদা তুংদম্লোন,
কদাই লম্ফেল লাইরেম্বী, নথাদগী নচা শংথিবা করিগী
উহৌদবনো?

খঙদবরা, নপারী চাউবগী খোঞ্জেন অমুক তাবা ফংলরোই।
নোংমত্তুদৈ লম্ফেল নাওরা কোম্বীরৈগী রারী নাতৈ কাংলবদা,
নমা নচানা চেজেৎ কোম্রনা নাপ্প চিক্লা রারী শাথিবা
খঙঙু অমুক হন্না লাক্লরোই, অমুক রাথুপ কাংলরোই;

অতৃদি কপ্প্ৰ লাইবকথিবী, মচা কায়নবী ষণবীগুম মাইগৈ
শিন্না তেংথাৰো

কদাই সেবক্কী তঙাংলবা চিনবাম্বগী হরিনাম মিখৈ তাবদা
তিঙক তিঙক্লা, লুরুক্লনা, মুন্না মুন্না য়েংথিসি কনানো ?
মানি, ইমা নচাশি— মচাশিংগী মতুং ইল্লিবনি,
তাকপিরি জ্ঞানগী পনথুংফম চৎল চৎলগা লাপ্পনি।

চুম্মি ইমা কপকন্থু, নচাগী মীরেন হৌজিকফাও লৈরি,
তাকপিউগবা নচানা করি ৱাকন্থু চিথহৌবনো ?
লাও মৈতৈ মচাশা, মাংদা সাহিত্য লৌফম তাহুনা লৈরি,
চিংজিল মতম লাকপদা লাঙ্গোল পায়হুনা শিন্দমসি।

য়েংউ ইমা ঐখোয় কপত্রে; পম্মৌ পোকপী নংশু কপকন্থু,
কপকন্থু লম্ফেল লৈমা নমোম কোম্বীরৈ মংলান কায়গনি,
নিকুঞ্জদা খোংবা বীনাগী মেজরাপ নচাশিংনা ফংজরে
পম্মৌ থুনাম তুংইন্না কোম্বীরৈ লৈরাং হৌদোকচন্নগে।

গৌরকেশ্বর সিংহ।

তাং ৩০।১১।৫৪ ইং

---

# ভক্তি-অঞ্জলি।

( শ্রীমা সারদামনিগী লাঙোন-তিথিনা কচ্চবা। )

মালেম-পোকপী লাঙোন্দা তাইবং-চন্নু-শায়োন্না
জয়রামবাটি খুঙ্গংদা কুমজা চামগী রাংমদা।
থম্মোই-পাত্র থন্নবু শান্তি-লাইজ পুত্থনা
ঙানখিবদাই নোংমা লায়র-ব্রাহ্মণ থাংপোকশঙ্ক!
চেনখরে ইমাগী থৌজান্না লাইরৈবাক্কী অলকানন্দা
মরুদেশ দেশ কয়া ফাওত্থনা মালেম-থম্মোই হাংত্থনা।
অমরাপুরগী ভক্তি-থম্মাল শাংখরে থম্মোই কয়াদা
স্বর্গগী শোজৈ পায়রিবী ইমাগী অমৃতনা শোকপদা।
ভক্ত রামকৃষ্ণগী পূজা অঞ্জলিনা লৈতেংবা
ইমাগী চরণ অনীনা নেংপীখি চাক্লবা তাইবংসি।
মীরমলেন্নদি কোলোয়নৈ ভক্তগী তালোই-ফুজা ওই'—
ইন্দ্রিপোনগী নুপীত্ত ইমা নংদি নত্তেদো—
চহী কোটি কয়াগী লাইনীং পরৈনা শেম্বনি।
ভারত-সংস্কৃতি লৈকোন্দা নোংচুপকী নুংশিং শীংলকখৈ
নচা বিবেক নত্রনে নেংচুপ মায়কৈ থুংনবু
ভারত খোঞ্জেল নিনখিবা—মখৌ পোঙনা খোংখিবা?
মহাকনিনে কনখিবা ভারত-সংস্কৃতি-লৈপানবু

নৈহৎলবা মতমদা অকনবা মালংগী শহুম্না ;
বিবেক মাগী খোঞ্জেলদো ইমা নংগী খোম্বাংনি।
মমা ওইবগী থম্মোইনা তাইবং-শকফম লাকপীখি—
সাধু পাপী, ভক্ত চণ্ডাল, তোল্লবদগী তোল্লবা
লায়র-চাকনি' কয়াবু মচা ওইনা উবিখি।
লাইরৈবাক্কী লাইরেম্বী হকচাংগী মূর্ত্তি লৌখিবী!
নংগী পূন্য-মণ্ডান্দা ভাস্বাক্লে ভসি তাইবংসি—
'অপাম্বা' কৌবা লিনথাক্তো তাভজ-লৈখুন চঙখরে—
নংগী য়েক্লবা কয়াসু মায়থীতুনা হনখ্রে।
নাপী থুদিং তিংথৌ থুদিং ইরাং হৌরে ভসিদি
কনাগী চরণ ফংনিংবনা—উরী থুদিং লৈরাং থুদিং
হৌরিবা শক্তী ঈপোমসে কনাগী নিংথিবা শকফমনো ?
লাকলো শান্তিগী মঙাল! মাপেম-থম্মোই হাংজরে—
ভসিগী পূন্য-ভুমিত্তা চামথোকপিরো অমোৎপা খিবিক,
নচাশিংগী থম্মোইসে অশেংবা তীর্থ শেম্বীরো—
তিঞ্জরে ইমাগী চরণদা ভক্তি কোক্তা হাপ্তুনা।
থম্মোই কোটি কোটিসে অমতা ওইনা তিন্দুনা
মহাতীর্থ শেম্লগা থাজগে আসন ইমাগী।
জয় জগদম্বে মহেশ্বরী। মহাকালী!
মহালক্ষ্মী! মহাসরশ্বতী! খুরুমজরি ইমা!!

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ।

## তাজ্‌মহল।

তাজমহল ! মতম পুম্নমক্তা নিংথিজরবা
নংগী নিংথিবা হুংঙোগী মুক্তি অসিনা
মাংবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা ওইরিবোইদো।
অহুবু সম্রাটকী মিংকী পিনা চামথোক্লবা
মপুং ফানা শাৎথিদ্রবা লৈরাং অমদি
ননশিনথরেদো নংনা মতম নাইদনা।
নংগী মক্তুরবা হুংঙোগী ফজবা অসি
সম্রাটকীদি কংদ্রবা মিংকী পি ওইরিদো।
মীওইবগী কল্পনাগী লৌবুক অসিদা
মরু লুকথরবা নিংশিংবগী উপাল্লক্তা
নংদি মতম পুম্নমক্তা মহৈ চুম্লবা
উপাল অমা ওইগে থল্লবোইদো।
হুংশিবগী নাকোং অমমমদা লোম্না থুপ্না লাক্লবা
ফোঙমদ্রবা রাহৈনা মথং মথং পাউমেন্নরক্লবা
থম্মোই কয়াগী অচিকপা মিংম্নেংনা
য়েংইদো নংগী হুংঙোগী মন্দির !
অরাপ্পা লমদমদগী উরক্লবা
নংগী অঙোবা ফুরা মতোম্না

উহল্লি, শাহজাহানগী কংব্রবা মিংকী পি।
মতমগী তমথিরবা মিংরেংদা—
রাজ্য কয়ানা উফুল ওনথ্রবদা।
শতাব্দী কয়ানা মশেল মঙাল মাংথ্রবদা
প্রেম বীনাগী লেপত্রবা খুংখত্তা
যমুনাগী ঈথক চিংপোমগা লোইননা
খোংলিদো নংদি তত্তনা হুংশিবা বাঁশী।
নংগী বাঁশী খোঙ্গেন তাবদা—
শাহজাহানগী পুন্সি ঈচেল্দা কংথ্রবা
হুংশিবগী মরুভূমিদা কেমথ্রবা
মাগী অমতা ঙাইজরবা লৈরাংগী ময়োল
চোংথংহল্লি তত্তনা মীওইবগী থম্মোইদা।
থাবল ফরবা অহিংদা
শিনোক চাওরবা থাজনা
তাগদবগী হুংশি চিরোল
থিরিদো হন্না হন্না নখোয়গী তুংদা
ঙাইরিনে মহাক্না উনা পুংলবা মরুমদা
লোন্না থুপ্না য়েংগদবগী নখোয়গী শান্নবা।
ইকাইথিবনা চুংশি মশক খঙত্রবা ওইহল্লবী,
নিঙমদবনা লোন্না থুপ্না তেংথাজরবী,
অনুতাপ্না মৈশা লাংলক্লবী হুজানা
অথেংবা থাবলগী অহিংদা

প্রেমগী মন্দিরদা তপ্না তপ্না কাখৎলগা
য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা মুরুম মুরুম শোনবগুম
"চান্নখোইরবা হোৌগৎলো" হায়না খোং খীনবগুম।
শাহজাহানগী অরোইবা মিৎয়েংদা
তাজমহল নংবু কোল্লগা মিৎকী পিগা লোইননা
"মমতাজ" হায়না অমুক্তং শোল্লম্বা
নুংশা মপী অমা লৈহোরে নংগী থম্মোইদা
মসিনা মতম নাইদনা, নুংশি অতিয়াগী
মক্তুরবা থরানমিচাক মরক্তা
শোল্লি "মমতাজ" তক্তনা
ওইহল্লি তাজমহল মতম পুম্নমক্তা ফজবা।

রজনীকান্ত সিংহ।

---

## ইপোক্কী লমন ওইজগে।

'পাম্মুবা লিশিংলক কৌজবদস্মু পেঞ্জদে, নুংশিখোইবা!
ঙসি কোরৌ নোংজ্রাদা লোংক্রাক ঈরংসে নোং-হাংজ্রে!
ঈথক মচা চোংলক্তবনা থঃঙ্গ ইথিং চীংস্তু শকয়েংলি;
লাইজ ঈরোনহুংদা চান্নমা মমিশিংসে লেপ্লি।
ঐনা নংবু য়েংজনিংঙি, থম্মোইগী চান্নখোইবা!

পাংজদবী খোমচু শককমসে লোক্তাক ঈথায় পাম্বা মাক্লৌগুম্
পান্মুবা নহাক্কী মীৎলু ঈয়াম্বদা হায়কেৎ য়েংলগা কেজগে।
অহুবু পামজয়বসু কিজৈনে ঐনা—
নহাক্কগী মীৎলু তারাদা তাখিয়োইনে ঐগী চেংলোসে।
ঐগী মীৎমা লৈয়োলদা তাখিগনি নহাক্কী মাইখোংসু।
অমুক্তংবু তাপ্রবদি মমি ঐগী মীৎকী লৈয়োল্দা কোক্লয়োই,
লোক্তাক্তা তারিবা শেলোয় মিতমদি মাংখিগনি ঈহৌরকপদা!
সুংশিবগী মাইখোংদি পুন্সিগী অরাবা পিক্লনা লৈহৌগনি ঐভোন্দা!
কিরবসু কিনা, পান্মুবা! ইপোক্কী লমন ওইজগে—
অমুক্তদি য়েংবিরম্মু ঐগী মীৎলুদা, মুক্তাগী লৈতেং শেমজহৌগে।

শ্রীজ্যোতিন্দ্র সিংহ।

---

# তাইবং শজি—

গুমলি মীকুপ্তা
　　লৌনম্বা বাঁশীনা—মালংগী
তারি য়াবদা
　　তাইবংদি শজিনা—পংবগী।

হংজি মাংদদি
নীকলবা লৈমৈনা,
লেপলি তুংদদি
কীরবা বিরাটনা,
শমগ্রে য়েত্তদি
ওকলবা ঈপাকনা,
থাকগ্রে ওইদদি
ঋার' হাঙ্গৈলাংনা,
তারি ঋাবদি
চেল্লুবা মাইকৈদা,
নংলি ঋাবদি
চোংলুবা খুদিংদা।

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ

---

## কনা কনাগী খোঞ্জেন্নো?

কনাগী খোঞ্জেন্নো?
হুজিক্তনি! কৈদনো! কদোমদনো?
কনাগী খোঞ্জেন্নো?
অমুক্তা হনবিরকউ, অমুক্তা

তাজনিংবনা খোয়াংনো ভাইজরি
তাহনবিয়ু কোকহনবিয়ু খোয়াংবা।
আঃ কয়াদা খোইথুমনপ্রবা খোঞ্জেলা!
বিশ্বভাইবং শুমহৎনা ব্রজবৃন্দাবন্দা
খোংখিবা বাঁশীচয়া অথৈ ?
অমুকসু তারে—চিকলবা অহিংসিদা
তামলবা লৌবুক্তগী, খাপলবা চিংয়াদগী
ঐগী থম্মোই থুগাইররিসিবু
কনাগী খোঞ্জেম্মোনে ?
তুংশি কবি কমলগী
'অহিংগী চেকলা তাম্না' গী খোঞ্জেলনে ?
থাবল করবা অহিংসিদা
তারি খোঞ্জেলসি তত্তনা
তুংশিবনা মিরবা খোঞ্জেল্লি
মৈয়রিবা থম্মোইদা তত্তনা
কনাগী খোঞ্জেম্মোনো ?
ঐগী থম্মোই থুগাইররিসিবু।

প্রমোদিনি দেবী

# চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি।

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি
থাবলগী ঈপাক মথকসিদা হিয়োনবনা য়োঙমত্রবা লমদমহুদা
কনানসু উত্রবা কনানসু খঙত্রবা কনানসু তাত্রবা—
চত্ত মচৎসি চত্ত মচৎসি হংলকসু য়াহংদো
"করিগীনো অসিদি",
ৎেঙথ্রবা অহিংগী লৈহাও লৈরেনগী কোকিল
কাওকাউগী য়াশক লৈখোক অমতগী লৈয়াং অনী
ঐহাক্কী নত্তে ঐহাক্কী নত্তে।
ঐহাক্কী সুংশিবদি গুপ্তচরনি
মহাদেবগী মমাংদা খ'ঙডমদনা চেল্লিবা কামদেবনি
শামু খোংয়েৎপদা খম্বগী হকচাংনি
দুষন্তগী সভাদা ফীরুক থুমজিন্না লেপ্লিবী শকুন্তলানি।
খঙইনে ঐহাকসু খঙইনে
য়ান্নখিদেনে সুমিৎতুদা নহাক্না ঐহাক্কী ফিক্তি
ওইখিদে মহাক্কী শগোল তোংবা পাখং
পাউমেনজখিদে কৈদোউৈ নিংঙোলগী খোঞ্জেন মঙলানচাদা
তৌখিদেনে ঈঙ্গিৎ থাদোইনা লোক্তাক মপান্দা থমংখোংগী

খোংজোম্দা

"মানিনবৈ অচানবী"

ভুমবেদনা নহাক্তু লৈয়াংগী তেংথায়োল বসন্তগী য়ায়বা থোজেল

উরেদনা লৈচিমা কুপপ্রবা শরৎকী পুনিমা।

ঐঙী থুংসি পায়ফুনে চগুশিল্লকউনে ইনাক্কা।

হাইমা কয়িন্নো হন্দোক্লিবসিরু।

নহাকী শমলাংগী নিংথিজববু ঐহাক্কা কয়ামক উপ্রবগে?

মরোল অহন্মকপু শুম্মংপা ওয়বা নহাকী সুংশিরবা শম্লাংগী

অমুবা লৈচিল অচুনা

কুপশিনবীরো চায়বী! তাঙহন্নোনে ঐহাকী মিৎ অসি

মমহল্লোনে।

ইথুন্তগী লৈসি উরবরা?

পায়নিংগ্রবসু কৈদোগে নহাকী শমজিদা থেংকেসে

নহাকী শমজিদা থেংকেসে চঙশিল্লকউনে।

নঙনদি খঙলোই

নঙনদি খঙলোই

নঙনদি খঙলোইদো সুংশিবী?

করিগীনো ঐহাক্কা শরৎকী থাবলদা কপ্লিবা

বসন্তগী লৈয়াংশিংবু থদংলিবা মলয়াগী ঈথিন্দা মিপাইরিবা

করিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদা

থম্মোইদা খাঙওমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা

তারিয়োই নহাক্তি উখিয়োই

ঐহাক্কী স্নুর য়াওব্রবা ঈশৈ কোঙ্গাকপা ওমব্রবা খোঙচৎ থাদোকপা ওমব্রবা

ধ্রুবতারাগী ছন্দ

পাউথুম মাঙগ্রবা তত্তবা রাহং নৈকংলাগী মিরবা তেংথারোল।

আঃ নহাক্তি য়েংলিদো মীৎ-কুপ্তুনা অহাঙবা অতিয়াদা

অহাঙবা অতিয়াদা অহাঙবা অতিয়াদা।

য়েংলকউনে ঐঙোম্বা অমুক্তং

ঐহাক্কী চোকথরবা মিৎক্ষমসিদা

মঙাল য়াওব্রবা মায়থোংসিদা

থাবলগী ঈপাক মথকসিদা

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি।

শ্রীনীলকান্ত সিংহ।

---

# ঐহাক বন্দীনি।

ঐহাক বন্দীনি

ইবুংঙো নংগী বন্দী ওইরে

পুন্দুনা থন্বীরে নথুৎমক্লা।

মতম অমদা ঐনা থল্লুই

তাইবংপাল, শক্তিগীনি

ভাইবংপাল, লনগীনি
ওইসনু ওটনিংবভা ওইসনু
ঐদি শোয়দনা দোলাই কৈনা ভোংখিনি
আলেকজেন্দর, নেপোলিয়ান
মায়খিবা পিখিনি
হিমালয়দগী সনাগী লৈহাও হেকখিনি।

শেল কয়া খোমলুরে
ঐগী পুকৈনা পৈছনা থম্লে
হীরা মণিমুক্তাগী জাৎ সুরে।
ইথক্তগী পাঙ্গলনা পৈছনা থম্লে।

তুম্লিংবনা থুহ্নম চন্দুনা
ভুমিৎ তাবদা ভাইরিভৈনা
য়াতারে তুমথুন তাম্লে।

ছোগৎলকপদা বন্দী ওইরমলে
ঐদি বন্দী ওইরমলে
ইবুংঙো নংগী বন্দী ওইরয়ে
ঐহাক্কী ইয়ুমসিমক্তদা
হুজিক্তি থদৎপা ভমত্রবা
য়োহ্লিং
ইথুৎমক্কা শাখিবা
ঐবু পুন্দুনা থম্বীরে।

"তাইবংপানশিবু পুন্নগে
থদংপা ওমন্নবা য়োম্লিংসিনা
ঐতনা ইনিং তোগে
ৱাখলসিনা চিংথনা
অহিং নুংথিল থওদ

অমুক মৈ ইক
চুমাং, মরীক শিন্থনা
শাথিবা য়োম্লিংনি
তাইবংপালসি পুন্নগে।
শাবা লোইরবা কাল
তাইবং কনা'মতনা থদংপা
ওমত্রবদা
পুন্দুনা থম্মীরে ঐবু
ইবুংঙো নংগী থুংমক্রা
ঐনা শাজবা য়োম্লিংসিমক্রা।"

শ্রীশজেনবম বেদজিৎ সিংহ।

# মৈত্রবাক মচাদা।

মণিপুর! নংগী মিংচৎ পুম্বগা লোয়ননা—তুকচৈ,
পোন্না থরাই তানা হায়নিংবদ মসিতনি ঐগীদি,
ইংলণ্ড! নৈজবা নয়াল খিবিকা নংবু—ফুংশিজে,
মসিনা অংগ্রেজ্জনগী মরৈবাক নিংবগী অবেপ্পা ওইরবদি।

মীনৈবাক মচা কয়ানা তিল্লর ঙসিদি মৈত্রবাক্তা,
থাগৎপিররি মৈতৈ নৈমবু চিরোনগী শুম্মংপা রাঙাংনা
মীচুংশি খংবী ইমানসু কোনবিরে মখোয়বু মতম্বাক্তা,
হেন্না পামজে, তাজনংই ঐদি চৈবিরম্বহু পুকশেংনা।

মচাবোক য়োকপী! মুনথরবনি মখোয়না নচাগী শরুকমথৈ,
থাদোক্লো মিকুপ খরদংদি ইমাগী চানবীহৈবা রাথলক্ত,
হৌগৎপরো তুকথরবা চাশিং পিনবিরো নৈজবা থৌনামথৈ।
নয়াথংগা ভাইজর তাম্মোকখিনবা পুকচেল ফজ্রবা মখোয়ন্ত!

নশরুক্তু পিথোকপ্রগা নিতুনা হিংবদা থরাই তারবরা?
মতুনদি ওইরোই রাথল নৈবগী অচুম্বা লমচৎ,
'নোংশাগী শরুক লমহুইনা থুন্দে' য়াম্বসা কাওবিরবরা?
পাম্মোম তিংবিরো! ওইররোই ইন্দ্রবদি অকনবা থোঙচৎ।

লুচিংবা ! খঙলে খঙলে, নখোয়না পাম্বদি মিংখোলত্ত নি,
নখোঁদাং য়াহুনা পাংখোকক্ষম থোকপদা খোঙখাংবহ্ নত্তে,
'অথৌবা', 'অচুম্বা', 'লিচৎচুম্বা', সোইদনা পিগনি
'ময়াংঙম্বা' মীংথোলঙাক্নি পাম্বীরবদি ঐঙোম্দা য়াত্তে।

'তোর্ব্বুংদা পুরেম্বনা তরেৎখক'···মৈতৈ কনানা তাদবগে ?
'মচা ি শক ওইরমগনি' নহারোল পুম্বনা হায়নরি,
'করিগীবু ফাদগবনো' কৈদৌতৌ কনাগী লৈয়েংনা শোনবগে ?
থাজদবগী য়ুম্ফমদা শাখিবনা অকা অকুম নমথরি।

'মখোয়দি পাংদে' ইকাইত্রা করেম্বনা হায়রুরিবা ?
মরম থুদিংমক্তা মখোয়দগী হেম্না পাংত্রবদা,
মীখোঙ পায়বদা করিগীনো থোনা অহূক ফরুরিবা ?
হম্না হম্না নকোক মথক্তা নেৎথবিরে খঙলবদা।

কিগদবদি—খঙত্রা ? 'অকিবা' হায়বা অহুতবুনি,
অকিববু কিবনা নরাইথুং ওইহনা শিজ্রখো,
'লুখাক ওইজসনু' সি'নত্রদো চারগত্তা নোইগদবনি,
চেনখিনু, পাম্নামতং তম্বিখিগে অমুক্তা ঙাইখো।

নিংহন্নহনা চেম্লবসু চোকথবা খোংথাংনা লোয়গনি,
মাইগৈ মরীমক্তা করেম্নবা মীনোক্না নংতদা,
নথোঁদাংদা মাইরোং য়াবরসু অরোইবদি নোংমনি,
থাগৎপগী শৈশকনা মীরোন মীরোন থুদিংদা।

মংনদি হায়জরি চীংনা কোয়না পনশাবা,
কুজবগী তুংনকম মণিপুর সনা লৈবাকনি,
অচুম্বদি অসিনি—অতৈনা পাণ্ডদবত্থ উদনবা
চানবীহৈবা ঈশ্বরনা চীংনা পম্লোন শাবিবনি।

নহাদে অহনফাও তিম্নবা মুমিৎ'মতং লেপথোকসি,
লোথুপ লৈকোই লৈতনা হায়নিংবত্থ হায়ননবা,
মুমিৎতুদৈ—'পাংদবা' 'মুংশিনদনবা' তুকচনা হুদোকসি,
পুকচেল লিংজেল তিম্ননা খোংথাংববু হৌনবা।

চৈথিগনি ঐদি মৈতৈবু খোঙ্জম্না তাত্রিফাওবা,
শাওবীরকপা মহাকতুদা ঐগী অরেপ্পা মরুপনি,
ইখস্তনা চৈজগে চোংথাকপিরকলত্থ ইতেং পাংবীনবা,
য়াওবীররবদি মীরৈবাক'চানা মহাক্তুদা ঐগী য়েরুবনি!

শ্রীবি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

---

# মৈরা।

নিংজরম্বা মতম কুইনা লংলবা মৈরাসে,
চমল্সি থাল্লসি লেংল্সি ঙসিদি,
লাইররবী ইমাগী মমলবা থাংপোক'সে ঙাল্লনি ঙসিদি।

শেমজহুনা শোমজহুনা, খিক্লুনা চাইহুনা,
হোৎরক্লে চাওরক্লে, লৈরাং শাৎলক্লে
থারসি লিংলসি সল্লসি, থোরক্লে ইমাসু হরাওজরে ঙসিদি।

শকপিরো নংগী শৈশক, থেকপিরো নংগী শাথেক,
লোকপিরো নংগী মিনোক, য়েংবিরো নংগী মিৎয়েং,
নংগী লৈবা উংপিরো তমজগে ইমাগী
লৈজবদো ঙসিদি।

নচাশিংগী ভিন্নরবা নুংশিবা খোঞ্জেল্না,
তনসনু ভাবতী, শিল্লবা মালংদা,
হনসনু খোন্থাংদো থুকসনু যাত্রি লাকসনু ঙসিদি।

শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ।

# বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো

বাহোং কয়া কোকিল কয়া খোংথরে নোঙ্গৈনা নোঙ্গৈনা
অমরাবতীগী অশংবা চেন্না শকথরে তোয়না তোয়না—
অমম্বা যুগতগী হৌন্থনা নিল্লক্লি মপাউ লাইরৈবাক্তী
চাক্লবা তাইবঙ মরুগী চাক্লবা লৈকোল মচুংসি।
উজ্জয়িনী লৈকোলদগী অংথৈ শকখিবা খোঞ্জেলনা
লৈরি নিন্দুনা ভসিক্লাওবা পৃথ্বী লৈমরোন কাওনা।
নোংচুপ লৈকোল-উকৈদগী যুগকী খোম্বাং অনৌবা
য়ৌরক্লি নোংপোক কাচিনফাও মতমগী তোর্ব্বান তোর্ব্বান্দা।
হিন্দু পাঙল অনীবু পুনখি মমাঙথৈদনা ভারত-নিংথৌ অমনা
মাগী থম্মোইদৈ হৌরকপা কবিগী ছন্দ-মন্ত্রনা।
পোকখ্রে যীশু মহম্মদ বুদ্ধ, পোবখ্রে গান্ধী মহাত্মা কয়া
থোকখ্রে মঙাল কবিগী সুরদগী—পীখ্রে পাঙ্গল মহাক্কী কলমদগী,
উহ ল্ল ফজবা—পীনরে চুংশিবা কংলে থরাই—লৌরে থম্মোই,
শকখ্রে ইশৈ যুগ কয়াদগী যুগ কয়া কয়া লান্না।

⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

ইমাঙদা উরি অহুমক্তদা—শল্লগী ফুন্না, চাক্লবা পৃথ্বী।
কদায় শান্তি—কদায় মঙাল—কদায় পাঙ্গল—কদায় থম্মোই?
সভ্যতাগী কারখানাদা তকখায়গ্রবরা উফুল তানা?

যুগকী খোঞ্জেল ওইরিবা কবি নহা খোন্নৌবা!
করি শক্তি করি খোংলি উরুম-লাংলবা কুঞ্জদা—
ব্রজগী যগশেনবা বক্সাইগুম গোপী থম্মোই হুনিংবরা?
ব্রজগী তঙাং মহাক্তি গোবর্দ্ধন খুত্তা হাপ্তুনা
গোপ গোপী কনখিদো শোয়ারেনগী মায়োক্তা।
কৌরব শাগৈগী নাপম্না নীক্লবদা ভারত লৈময়োন
প্রেমিকী বাঁশী থমলগা পাঞ্চজন্যবু পাযথংখি—
গোপীশিংনা কপচবা হন্নমক্তা য়েংদনা
কুরুক্ষেত্র লানফমদা সারথিবু ওইখিদো।
কবি ংগী পুন্সিদি লোইরগত্রা মন্ত্র পীবনা?
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

নত্তে কবি থোরকউ মঙলৈবাকী মপান্দা,
লৈথোক্নু তাউহনা ইশৈগী ঈপোমদা তোংহনা।
কোগংলু য়েংউ—য়েংখোবউ অকোয়বদা—
চাক্রিবা মৈসি আদা—রায়গদোরে লংগী কুঞ্জ;
য়েংউ—ঙাওরে যন্ত্রী, মতোমদগী ঈ থক্লে।
চংলু কবি—খোংবিরু অমুক্তা মাগী নাক্তা—
শকপিরু চঙহনা মনাকোং মরাদা—
পোক্লম্লরদি লৈরাংগী মপোক্তা, হে খোরাংলবা যাত্রী!
লৈহৌ মরীক অমতা ওইরবসু পীরমগদবনি নঙোন্দা।’
বীনা চামগী খোম্থাংনা কায়য়ু কবি!—
“হে থৌনাফবা হন্থগনু পুরিং—লানগী কীরাল হাইগংলু,

চৎলু য'াত্রী নোংশা লিশিংগী থৌনানা
কিগনু যাত্রী নতোমদনি খন্দুনা,—
যেক্লবগী তৈঞ্জনা শোক্লবা মশাছু ঈনা পুমচোৎ চোৎসনু,
হল্লগনু যাত্রী হল্লগনু! লাকসনু প্রলয় ভীম ভবানী;
মমসনু লমবী থাশিগী অহিংগুম—কক্তুনা নশাগী শরূ
চুখৎলু মৈ থৌনাফবা।' তাও কবি!—
অতিযা পুম্বা ইনিন নিনথ্রে কনাগী মীকপ মীরাঙনা;
হোগায়ত্তুনা থবাক 'মায়থীবা' 'ঈকায়ব'না
থক্লি ঈ খুজোক খুজোক।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮
নিংশিংউ মীওইবগী ইতিহাস—হন্না য়েংউ কুমজা থরগী রাংমদা
আমেরিকাগী কৈথেলদা কাফ্রীশিংবু য়োনখিবা হূইগুম্না পুল্লগা!
মীওইবগী ইতিহাস নত্তে!—ইতিহাস মীওইবগী
শাগী ইতিহাসতগী হস্থরবা তুকচরবা রারীনি।
'হাৎন শুনবা য়েংথী-কল্লকপা ওৎপা নৈবা মুংশিনদবা'
অসিনি মীওইবগী ইতিহাস।—লৌনম তৌত্তুনা নোক্ল নোক্ল
ঈ চুপ্পা ভম্বা মীওইবা—শাদগী হেন্না তোল্লবা!
উঃ য়েংউ—তুচুংবনি—আদা শেপ্লবা মরোল থোক্তুবশিং—
মক্লবা ময়থোংদা মাথোয়গী—টরি কুমজা কয়াগী অর়াবা;
দরিদ্রনারায়ণবু কৌরত্তুনা চাকনিবা কয়ানা লম্বীদা।
থরাই হকচাং খাইনরি মুঙ্গায় 'থক্তা ওন্দুনা।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

মতম চাংরে কবি—বাঁশীগী সুরনা নওগী
পীয়ু পাঙল অশোনবগী, পীয়ু চাক চাকনিবগী—
পীয়ু মিং মিত্তাংবগী, পীয়ু লোম্বোক্তবগী।
নমথেকউ নমথেকউ—নমথায়য়ু নমথায়য়ু—
অখিংবা-অথুবা অপিকপ-অপনবা
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮
নংগী বাঁশীতনদি কবি—থোক্লরোই মতুগী সুর—
পায়খৎলু পাঞ্চজন্য—পায়খৎলু লীরুং-তেন—
চোংথোক্লো কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা—থীল্লে তেঙ্গা থোংলো।
পক্লবস্থ নশাদা করিস্নু, কৎলম্মু নথৱাই অদুতা—
কল্পনাগী মূর্ত্তি—ওইহল্লা অহীংবা মূর্ত্তি।
পীয়ু সঞ্জীবনী মন্ত্র পীয়ু থর ই-পুক্লিং
পীয়ু আশা-থৌনা পীয়ু রাখল থম্মোই!
থোঙৎলো পাঞ্চজন্য—মপুং ফাগনি বাঁশীগী সুর,
ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই পঞ্চজন্যগী থোঙ্গেলনা।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই;
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।
থম্মোইনা শকপা ইশৈতনা—পীগনি থৱাইগী অথনবা পাত্র,
থম্মোইনা ঈহৌরবদা থোরক্কনি মপুংফাবা সুর।
য়েংউ হোগায়তুনা তাজমহল মুং—
লৈরমগনি সাহজাহানগী পাক্লবা থম্মোই,
য়েংউ থুগাইত্তুন' নংগী বাঁশী

লৈরমগনি মীওইবগী চ'ক্লবা থম্মোই।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোইঃ -
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।

শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ

---

## লৈন পামজবা।

পাম্বীদা শাৎত্রভাক লৈনীংদে
লৈকোন্দা ভাস্রবভাক শাৎনীংদে।
উ-মূর্ত্তি লাইখিবিকী থুয়াদা
লাইগুরু বৈষ্ণবশিংগী ভকশমদা
নক্ত্রগা শাবী-শানৌ' নাপ্পদা
থৌগনবা পামজৈ মরক মরক্তা।
অতুবু হে মালীও! ভাবিয়ু
ঐহাকপু মচেৎ মচেৎ শেৎপিয়ু;
চাইবিয়ু হুংগাই চেগাই লম্বীদা—
মাঙ্গদা দেশ-ভক্তনা লাকপদা
ইরৈবাক কন্নবা থৌরাঙদা
য়েক্লবা লাম্বেংনবা চৎপদা
নেৎশঙ্গু ইশা অসে মখোঙনা

চোৎশনু লম্বী অচ ঈতনা
লোমজবা ঐগী পুন্সি অসুম্না—
থাইদগী পামজবনি মাহুনা।

শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহ

---

## লিক্লা।

লমজাও থোম্না চাক্লিবা, চীংমাই থম্না ভাল্লিবা,
লমগী খাম্বী মৈশালাং, পোম্বী চেক্লা তেংথাবা,
নারক মোংশোং ভনিকপা, চীংজাও পামেল কপ্পকপা,
নোংয়াই ইচিক লোনবদা, অহিং লিক্লা তারকপা।

চাংজৌ নাইত্র' সমুদ্র! থেক্লা খোয়বা তুরেলশিং!
পাক্লা লংবা পাৎচাও ও! পিক্লা লুবা পুথ্রীশিং!
মালেম লৈদ য়াহিপ্পা, নাপী থক্তা কায়দোংবা,
পিক্ল' জীব লৈরিদো, খোরাংবনা রারবা।

কুমগী নোংমু লাকত্রিভৈ, কালেন মুংশা মৈরক্তা,
হৈপাল লৈপাল কয়ানা, পথ খুইথ থাংবদা
পাঙ্গল শোনবী লিক্লানা, ভমজ ইতেং পিবনি,

মোক্ক চাওবা তাইবংদা, করম নিংক্ত্রগনি।

তুংশা মৈনা চাক্পদা, খাম্বী মৈগী মৈশালাং,
অহিং লিক্লা কংখিনি, মালেম কনা তেংথারোই,
মপুই শিম্বা তুংইম, অহিং লিক্লা লাকপনি,
তাইবঙপান্দা লাকপনি, মপুই য়াথং কায়কদে।

মণিমুক্তা থামলবা, ফুরা দলাল ফজবা,
লিক্লা ঐনা পামজদে, ইতিক ইগুণ লৈজদে
হৈপাল লৈপাল মরক্তা, পিক্ক নাপী মতোন্দা,
অহিং লিক্লা লৈজগে, হরাও মোমোন নোকচগে।

শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী।

---

## কল্লক্কে

অরাংবা লোইবীদা শাতুনা ফজবা মশক লোংলিবী
মারক শীংলক্তা লৈদুনা লুংশিবা মনম থুপলিবী
অরা মীংলম থত্তুনা কনাই মৈচাক লোক্তবী
হিংবই অর্থ লৈত্রবী লৈরাং মাবু কল্লক্কে।

মা:লমগী শরুক অনীনা মদোম লমখৈ ওইরবা
লাইজ নিংথৌ মিংথৈনা অচৌবা মগুণ ফোঙলবা
পৃথ্বীগী তুরেল অয়াম্বা মঙোন্দা লোইপোৎ কারবা
তাইবং ঈথৌ কোকঙমদবা ঈপাক মাবু কল্লক্তে।
কালেন থামৈ ওইবনা অরোইবা নুংশা থাবকান
থাক্লা ঙংনা মথোংবা তাইবং মৈশা লোক্তবা
লাংবল থাগী নোংহোদা ঐনা কৈস্থু কল্লক্তে।
লৌফম নৈতবা লৌমীনা মোংফম ফাওনা ফংদবা
লৈফম লৈতবা কম্বানা শাইজিন শায়া তাংলবা
লৈঙোই ঙাক্তা শন্দুনা লমজাও কয়া কনশনবা
থম্মোই কংলবা লৈকংলা ঐনা কৈস্থু কল্লক্তে।
শরাই নুংঙৌনা শাত্থনা ঈরৌক্তী মণি থাম্লবা
প্রজাই মরল খোমত্থনা মোংফম থক্তা খিল্লম্বা
থরাঈ য়াওদনা চিত্তম্বা থম্মোই য়াওদনা শক্তম্বা
তাজ ফুরা ভথোইবা ঐনা কৈস্থু কল্লক্তে।
লুপাই লুহুপ থোন্দুনা নোংদোন থাবল থল্লবা
য়াঈতোঙ যমলেন ফংত্থনা থোঈনা রাংনা পাল্লবা
মদোম মক্তি থাগোম্না খাইগী রাখল থাশেৎপা
[illegible] ওইরিবা ইন্তরেষ্ট মাবু কল্লক্তে।

শ্রীযোগেন্দ্রকুমা:



